# মণিপুরি রাস কুঞ্জ রাস




অইবী :-

গুরু ইরেংবম নলিনি দেবী

জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর দান্স একাদমী,

# মণিপুর রাস কুঞ্জ রাস

*ইজবী অমসুং ফোংদোকচবীঃ-*

ইরেংবম নীঙোল শাইখোম ওংবী নলিনি দেবী

সগোলবন্দ সাত্রাম লৈকাই, ইম্ফাল।

ফংফম ঃ-

বুক দিপোট, রুপমহল তেঙ্ক

ঞোংব চহি :- ২০০৩

কোপি মশিং :- ১০০০







নম্ফম ঃ-

মীয়াম কম্প্যুটর প্রিন্টর

পাওনা বাজার, ইম্ফাল ।




**Price Rs. 50/- Only**

# হীরম লামায় তাকপা





গুরু ইরেংবম নলিনি দেবী

# লাই গুরজনশিংবু খুরুমজরি

ঐনা অহানবমক্তদা মণিপুরদা জগোই ঈশৈগী, লমদা মাংজিন থাদুনা মণিপুরগী অমত্তা ঙাইরবা লন জগোই রাসপু পুথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা লাই ওইখ্রবা গুরুজনশিংবু ননাই তোল্লবিনা ঙমখৈ লৈতনা পুকচেল তিংনা ভক্তি-কৎচরি। ঙসিগী চাওখৎলবা মালেমদা মণিপুরি জগোই রাসকী অচৌবা মফম অম কন্দুনা লৈরক্লিবা অসি মণিপুরদা পোকপিরম্বা হৌজিক্কা লাই ওইখ্রবা অমসুং লাই ওইখ্রবি গুরুজনশিং কয়াগী পুকচেল শেংনা হোৎনবিরম্বদগী ওইরকপনি। মখোয়না হোৎনবিরমদ্রবদি ঙসি মণিপুর জাতিনা মালেমদা শক তাক্লিবা অসি তাক্লমলোই হায়জনিংই। গুরুজনশিংনা য়াম্না কন্না হোৎনদুনা অহানবমক্তদা মণিপুরদা জগোই ঈশৈগী, লমদা মাংজিন থাদুনা মণিপুরগী অমত্তা ঙাইরবা লন জগোই রাসপু পুথোক্লবা হোৎনবিরম্বদা নত্তনা লমদম অসিগী লাইনিং লাইশোল হৌন লমচৎ শাজৎ লিচৎ অমসুং অফবা মিৎয়েং কয়া থম্লবা হোৎনবিরম্মী। মসিগীদমক ননাই তোল্লবিনা গুরু জনশিং পুম্নমক্তা তৌবিমল খংবা উৎচবগা লোইনা অতৈ জাতিশিংগী মমাংদা চাওথোকচবা পোকচৈ।

কুঞ্জ রাস হায়না মিংথোনবা ভগবান শ্রী কৃষ্ণগী রাস লিলা মখল অসি তোল্লবিনা ইতিক ইপা চাদনা গুরুশিংগী তুং ইঙ্গনবা হোৎনবা ওইনা হৈত-হৈত, খংদ-খংদনা ইথোকচদুনা ফোংদোকচবা অসিদা গুরুজনশিংগী ফিজি-ফিনা নেৎপ ওইনা থোক্তুনা অরান-অহুই য়াওরম্বা থোক্লবসু তোল্লবিনি খনবিদুনা ঙাকপিরক্লনি অমসুং চুমথোকপিক্লনি হায়বগী অচেৎপ অশা থমজৈ।

# মণিপুরি জগোই রাসকী হৌরফম

মণিপুরি জগোই রাস কৌবা জগোই মখল অসি হৌজিক্তি মণিপুরখক্তদা তুংশিন্দুনা লৈবা জগোই ওইদ্রে । মসি ভারতগী মফম কয়াদা অমসুং মালেম শিন থুংনা মমিং চৎলবা অমসুং মীয়ামনা য়াম্না পামনরবা জগোই মখল অমা ওইরে । অসি য়ৌনা মমিং চৎলবা জগোই রাস অসি মণিপুরগী নিংথৌ শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা শ্রী কৃষ্ণগী অচানবা ভক্ত ওইরকপদগী হৌদোকপিরম্বনি। মমিং চৎলবা নিংথৌরেল অসিগী মমিং মখল য়াম্মী । করিগুম্বদা মহারাজ অসিবু ভাগ্যচন্দ্র হায়না খংনরম্বদগী রাজ ঋসি ভাগ্যচন্দ্র হায়নসু কৌনবা য়াওই । করিগুম্বদনা কার্টা মহারাজ, চিংথংখোম্বা মহারাজ নত্রগা জয় সিংহ হায়না মিঙ্গৌনৈ ।

মহারজ অসিনা মণিপুরদা জগোই রাস লিংখৎপিরম্বা অসিগা মরি লৈননা ইতিহাসকী ওইবা মিৎয়েংদা অসুম্না থাজনবা ৱারি অমা লৈ মদুদি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মাম্মা মোইরাং নিংথৌ খেলৈ নোংনাং তেলহৈবনা অৱাগী মতেং লৌদুনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজবু মণিপুরদগী তাম্থোকখি । লৈবাক কায়বদা নত্তনা মচাইবুংঙো লাবৈনচন্দ্র অমসুং মধুচন্দ্র অনিসু অৱাগী খুত্তা বন্দি ওইরম্মী । মোইরাং নিংথৌনা মোইরাং অমসুং মৈত্রবাক অনি পুন্না পাল্লম্মী । শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ নুংশিরবা মরৈবাক থাদোক্তুনা তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বর সিংহগী মনাক্তা চংজফম লৌখি ।

খেলৈ নোংনাং তেলহৈবনা তেখাও নিংথৌদা দুৎ থারক্তুনা ভাগ্যচন্দ্রবু মাংহন্নবা শরৌ তৌরকপদগী মহারাজ অসিবু অঙাওবা শামুগী মখুত্তা শিহনখিনবা থৌরাং তৌখি । মতম অদুদা মহারাজ

ভাগ্যচন্দ্রদি শ্রী রুপ পরমানন্দদা দিক্ষা লৌদুনা শ্রী কৃষ্ণগী অশেংবা ভক্ত অমা ওইরে । শামু ফাবগী অৱাবা ৱাখল খন্দুনা শ্রী কৃষ্ণগী নাম শোল্লগা তুমথখিবদগী মহারাজগী মংলান্দা শ্রী কৃষ্ণ ফাওরক্তুনা মনাইবু ৱাদনবা তাকপিরমখি  অমসুং শামু অঙাওবা ফারবা মতুংদা মহারাজনা মরৈবাক্তা হন্দুনা নিংথৌ খুভম হঞ্জিল্লবা মতমদা ভাস্কর গীরিদা থৈবোং পাম্বী ওইনা হৌরমগনি মদুগী থৈবোং পাম্বী অদু য়াল্লগা শ্রী কৃষ্ণগী মুর্ত্তি ওইনা শারগা লাংকদবনি হায়না মংতাক পিবিরমখি । নোংঙাল্লগা শ্রী গোবিন্দগী নাম শোল্লগা চাওখ্রবা অমসুং ঙাওখ্রবা শামু অঙাওবা অদু ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ উবদা পুংতে তেখি । অঙাওবা শামু ফাবা ঙম্বদগী তেখাও নিংথৌ স্বর্গ দেবা অমসুং মহাক্কী প্রজাশিংনা মৈতৈ নিংথৌ লাইগী মচা মশুনি হায়না থাজখি । তেখাও নিংথৌগী মতেংগা লোইননা শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মরৈবাক মণিপুর অমুক হঞ্জিন্দুনা লংথবালদা কোনুং ওইদুনা নিংথৌ ওইখি । নিংথৌগী থৌদাংনা য়ামনখিদুনা শ্রীকৃষ্ণগী মংলানগী ৱাশক কাওথোক্লুরবা মতুংদা নোংমা মহাক্কী মংদা শ্রীকৃষ্ণ লেংলক্তুনা নিংশিংলবদগী নোংঙানবগা মহারাজনা পাঞ্জি লাইরিক য়েংবম রাম সিংহবু সনা কোনুংদা কৌখত্তুনা ভাস্মুক গীরি খংব্রা  হায়না হংবদা কাইনচিংবু ভাস্মুক গীরি কৌই হায়না পাঞ্জিনা হঙ্গৎচখি । মহারাজনা প্রজা মীয়াম অমদি মনাই মশেলশিং পুদুনা কাইনচিং তান্না খোংলেংখি । অংথা খুলদা অহিং অমা পোথারগা মথংগী নুমিত্তা চিং কাদুনা থৈবোং পাম্বী কোয়থি থিবদা পোইনুগী হুমনি পানবা ইরাই নুমিত্তা থৈবোং পাম্বী অদু ফংখি ।

থৈবোং পাম্বী অদু য়ান্দুনা পুরক্লগা শ্রীগোবিন্দগী মুর্ত্তি শাহনখি অদুবু অহানবা শাবা মুর্ত্তি অদু মহারাজনা তেখাওদা উজখিবা শক্তম অদুগা খেন্নে হায়দুনা অনিশুবা অমা শাহনখি । অনিশুবা মুর্ত্তি অদুনা শ্রীগোবিন্দগী মুর্ত্তি ওইখি । অহানবা শাখিবা অদুনা শ্রীশ্রী

বিজয়গোবিন্দ ওইনা সগোলবন্দা লৈবা অনন্তশাইগী জগাদা খৃঃ ১৭৭৯ গী হিয়াঙ্গেগী ১১নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিত্তা হৱাও কুম্মে অমা হিয়াং তোংদুনা পাংথোকপগা লোয়ননা লাৎপা হৌখি । ঙসিফাওবা নুমিৎ অদুদগী হৌনা 'হৈক্রু হিদোংবা' হায়বা চহিগী থৌরম অসি লেপ্তানা চৎথরক্লি।

থৈবোং পাম্বী অদুদগী মুর্ত্তি তরেৎ পুথোকখি । ৩) শ্রীগোপীনাথ প্রভুগী মুর্ত্তি ওহদুনা । নিংথোখোংদা লৈবী পুখ্রম্বম নিংঙোল কেশোরি অমদি মচানুপা কীর্ত্তিধবজদা সেবা ফংহনখি।৪) শ্রী নিত্যইনন্দা প্রভুগী মুর্ত্তি ওইদুনা অরাম্বম মেঞ্জরনা মহারাজদা নিজবদগী সঃ ১৭৯৭তা সেবা ফংহনখি। ৫) শ্রী মদনমোহনগী মুর্ত্তি ওইদুনা উরিপোক্তা লাবন্যচন্দ্র নিংথৌগী ধারা রাজ বংশনা সেবা তৌদুনা লৈরি।৬)শ্রী অনুপ্রভু ইবুংঙোগী মুর্ত্তি ওইদুনা নবদ্বীপ্তা মহারাজগী মচা ইবেম্মা শীজা লাই ওইবীনা (বীশ্ববতি) সেবা ফংজখি।৭) শ্রী অদ্বৈত্য প্রভুগী মুর্ত্তি ওইদুনা মহারাজনা ব্বারিঙৈ মতমদা সেবা তৌজখিবা ব্রাহ্মন অমদা লমাঙদোংদা সেবা তৌহনখি। হায়রিবা মুর্ত্তি অসি মণিপুরগী মতমদুগী খুৎহৈরবা শ্রীসাপম লক্ষ্মন সিংহ, অঙোম গোপিরাম, পাচচহনবা অমসুং অতৈ তেংবাংবা কয়াগা লোয়ননা শাখিবনি।

# শ্রীগোবিন্দদা জগোই রাস কৎপা

শ্রীযুৎ ভাগৎচন্দ্র মহারাজনা তাকপিবগী মতুং ইন্না হৈস্নাম খোংঙমনা চৈ থাবা সকাব্দ ১৬৯৮ কী হিয়াঙ্গে থাগী ১২নি পানবা ইরাই নুমিত্তা শ্রী গোবিন্দগী মুর্ত্তি শাবা হৌখি । শ্রী গোবিন্দগী মুর্ত্তি শাখিবা মফমদি হৌজিক বিষেনপুরগী সি.আই.কলেজ লৈরিবা মফম অসিমক্তত্তা শাখিবনি । মুর্ত্তি শারিঙৈদা জগোই রাস

অসি কৎনবা হোৎনবদা ভাগৎচন্দ্র মহারাজনা মণিপুরগী অখণ্ড-অহৈশিং পুন্নমক কৌখত্তুনা তান্নখি।

শ্রীমদভগবতকী রাসপঞ্চা অধ্যায়দা য়াওরিবা ব্বারোলশিং শন্দোক্লা নৈনদুনা রাসলিলা শেমগৎনবা হোৎনবদা শরুক য়াখিবা মতমদুগী অখণ্ড অহৈশিংদি রাজ ঋষি ভাগৎচন্দ্র, ওজা শ্রী প্রমানন্দ, খুম্বোং ওজা শ্রী গঙ্গাদাস সিদ্ধান্ত, থাকুর ওজা শ্রী ভাগ্যচন্দ্র তর্ক তীর্থ, থোকচোম ওজা শ্রী সীদান্দা, য়েন্দ্রেম্বম ওঝা শ্রীমধপ রাম, ঙাংবম ওঝা শ্রীদেবরাম, তাইবং জাম্বা, ওঝা শ্রীদাস অসিনচিংবনি। লাইগুরুশিং অসিনা কুপ্লা তান্নবিদুনা শ্রীমদ্ভগবতকী রাসপঞ্চা অধ্যায়বু নৈনরগা রাসলিলাগী শক্তম অসি লেংথোকখি। মতম অদুগী জগোই হৈবদা মমিং লৈরবা কবো খুম্বোংবনা রাসকী জগোই পুথোকপদা অচৌবা তেংবাং পিবিখি। সংকীর্ত্তনগী মশক ওইনা নটপালা কীর্তন তৌরগা মথংদা অঙ্গ মরি থোক্লা খাইদোক্তুনা তিন্তাল, রাজমেন, তালচপ অমসুং মেনকুপ হায়না শেমদোকখি।

জগোই রাস লিংখৎকদবা নুমিৎ অসি শ্রীমদ্ভগবত্তা পিরিবা সরদ ঋতুগী পুর্নিমাগী অহিং অসি মণিপুরগী চৎনরম্বা ইপা ইপুগী খুৎথেক্তা পারগা মেরা ব্বাফুকপা নুমিৎ অসিনি হায়না লেপ্তুনা সকাব্দ ১৬৯৮ পোইনুগী ১১ নি পানবা ইরাই, হরিউথান নুমিত্তা শ্রীযুৎ ভাগচন্দ্র মহারাজনা লংথবালগী কোনুংদা শ্রী গোবিন্দ অভিসক তৌরগা লৈবাক মীয়াম তিন্দুনা নুমিৎ মঙানি চুপ্লা শারদিয়া মহারাস অসি অহানবা ওইনা কৎখিবনি।

## জগোই রাসদা শরুক য়াখিবশিং

লাংথাবাল কোনুং কৎখিবা অহানবা মণিপুরি জগোই রাস অদুদা শরুক য়াখিবশিংদি অয়াম্বনা কোনুংগী মহারানি অমসুং মচাইবেম্মশিংনা ওইখি। মখোয়শিং অদুদি মহারাজগী মচাইবেম্মা

শিজ লাইওইবী ( বীশ্ববতি ) না রাধা শাখি, ঙাংবম নিঙোল হরিমতিনা মকোকচীংবী ওইখি । মহারানি দেবা হৎতি, ভাগ্যবতি, চন্দ্রমুখি, প্রিয়োশাখি, ভানুমতি অসিনচিংবা লৈমা শিজা অমদি মচা ইবেম্মশিংনা গোপি শাদুনা থা কয়ামুক চংনা তম্লগা জগোই অসি কৎখি ।

# মণিপুর জগোই রাসগী নুংগী ৱাখল্লোন

শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মণিপুরদা জগোই রাস লিংখৎলিবা অসিগী নুংগী ৱাখল্লোন্দি শ্রীমদভগবত্তা য়াওবা কলিযুগকী ধর্ম্মদি সংকীর্ত্তন্নি হায়বা ৱারোল অদুগী মতুং ইন্না রাস ক্রীয়াবু সংকীর্ত্তন ওইনা লৌরগা মহারাজনা মণিপুরদা অহানবা ওইনা জগোই অসি কৎখিবনি। মহারাজনা জগোই রাস অসি কৎখিবগী মরমদা মতম অদুগী মমিং লৈরবা পান্দিৎ অতোম্বপু শর্ম্ম গবেষলা শীরোমনিনা অসুম্না হায়খিবা লৈ, " শ্রুতিনা হায়, সবর্ব খলু ইদং ব্রহ্ম," শ্রী কৃষ্ণনা করম্বা ফখ্রবা মতমদা শ্রী ব্রন্দাবন্দা রাস লীলা শান্নদুনা জগৎবাসী মমাঙদা অসিগুম্বা ফিদম ( অদশা অসি থম্বীরম্বা । অসিগুম্বা মীওইবগী জড় দেহ অসিদা দিব্যপ্রেম থোকহনবা লাইবকফবা মণিপুরা ধিপতি জয় সিংহ ভাগ্যচন্দ্র মহরাজনা অসিগুম্বা সুপ্রচিন মণিপুর অসিদা পোকপিদুনা অদুগুম্বা দিব্র্য-প্রেম পুথোক্কে হায়দুনা মহাক্লা মণিপুর শেমগৎলি । শ্রীযুৎনা শ্রীরুপ পরমানন্দদা মধুরপ্রেম ভক্তিদা দিক্ষা লৌদুনা ভক্তীব্যাস অমসুং খুম্বোংচন্দ্র সিদ্ধান্তগা লোয়নদুনা মৈতৈ ধর্ম্ম অমসুং ভাগবত ধর্ম্ম অনি অসি অমত্তা ওইনা তিনশিন্দুনা মবুংঙো শ্রী গোবিন্দদা অদুগুম্বা সর্বরস কদম্বরস রাস লীলাবু সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞগী মশক ওইনা কৎলি।

শ্রীমদ্ভগবতনা সঙ্কীর্ত্তনবু যজ্ঞনি হায়না ১১।৫।২৮-২৯ দা অসুমনা পল্লি ' যজ্ঞে সংকীর্ত্তন প্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধম' ।.অশ্বমেধ,

গোমেঘ অসিনচিংবা যজ্ঞ পুন্নমক্তা ঘী হৈদুনা মৈ থারগা যজ্ঞ তৌই। অসিগুম্বা যজ্ঞ পুন্নমক অসিদগী কলিমুগকী ওইনা সংকীৰ্ত্তগা মহাযজ্ঞনা অথোইবনি। কৃষ্ণগী মিং অমুক শোনবনা অশ্বমেধগুম্বা যজ্ঞ কোটি অমগা মান্নে। ( চৈতন্য চরিতাম্বৃত ) মরম অদুনা মণিপুরগী জগোই রাস অসি অশ্বমেধগুম্বা যজ্ঞ শরুক কোটি অমা হেনবা যজ্ঞনি হায়না লৌবদা লান্দ্রে।

# রাসকী অথুপ্পা ইচেল

রাসগী অথুপ্পা নুংগী ব্রাখল অসি ভক্তিনি অমসুং জগোই রাসদা চৎলিবা শক্তম পুন্নমক ভক্তিনি। মীওইবনা নুংঙাইবা পাম্মী। নুংঙাইবা থিবদা লম্বী অনিথক শিজিন্নে। অমনা মপাঙ্খোংগী লম্বীনি অতোপ্পা অমনা মনুংগী লম্বীনি। মনুংগী লম্বীনা নুংশিবনি অমসুং ইশ্বরবু থম্মোই শেংনা নিংবনি অদুগা মপাঙ্খোংগী নুংঙাইবা অসিনা কাম অমসুং ফাথবা ঙমদ্রবা পুক্নিংগী অপাম্বশিংনি। মীওইবনা মহাক মহাক্কী লৌশিং তানশিন্নবা কয়াৎশিং শিজিন্নরগা মপাঙ্খোংগী নুংঙাইবা ফংনবদা হোৎনবগী অশোনবা লৈ। মীৎনা য়েংবদা মহৌশাগী অহিংবা নত্রগা হিংদবা পোৎলম পুন্নমক উবা ফংই অসুমনা নাকোং, নাতোন, খন্নাও অমসুং খুৎ-শাশিং শিজিন্নদুনা ভগবান্না শেমলিবা জিব পানবা অমসুং পোৎলম পুন্নমক শিজিন্নরি অমসুং মদুদগী লাকপা নুংঙাইবা ফংদুনা ঈশ্বরবু থাগৎলি। অদুম ওইনমক মপাঙ্খোংগী নুংঙাইবা অমসুং অপেনবা অসিনা কুয়না খক মরা তাবদি ঙমদে। নুংগী ওইবা নুংঙাইবা অদু নত্তনা মরা তাবা নুংঙাইবা অতৈ লৈতে। মপুং ফানা মরা তানা নুংঙাইবা ফংগে হায়রবদি লেংলি পাল্লিবা জগৎ সংসারবু শেম্বা ঈশ্বর মাগী মফমদা অশেংবা ভক্তিথম্বা অসিনি। রাসলিলানা উৎলিবা নুংগী নুংঙাইবা অসিদা কামগী মফম লৈতে। রাসকী হৌরকফমদি রস পুন্নমক তিনববু খংনৈ। মাবু হেক আশ্রয় তৌজরবদা পুক্নিংদা প্রেম

রস ফাওরক্কুনা খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইবা ফংবা লম্বীদা চংশিল্লি । হলদিনি হায়বদি ময়েং তাবা লৈতবা, নুংঙাইবা অসুম ফংহন্দুনা লৈবগী মশক ওইবা অদুগুম্বা শক্তি অদুগা শান্নমিন্নবগী খমথেংবা মশান্না অমদি প্রেম মিলন অদুবু রাস হায়না কৌই । শমনা হায়রবদা রস মখল

পুন্নমক্কা অমসুং প্রেমগী নুংঙাইবা পুন্নমক্কা তিন্নবগী মপুং ফাবা মশক অদুবু রাস কৌই । শ্রী কৃষ্ণগা বৃন্দাবনগী গোপিশিংগা লৈনবা মরি অসি রস মখল মঙা থোক্লা খায়দোকপা য়াই অহানবদা মপুগা মনাইগা লৈনবা মরি দাস্য রস, মমান্নবা তিন্নবগী মরি সখ্য রস, মমা-মপাগা, মচাগা তিন্নবা মরি ব্যসলা রস অমসুং নুংশিবিগা নুংশিবগা লৈনবা মরি কান্ত রস নত্রগা মধুর রসনি । পুন্নমকশিগী মথক্তা পরকীয় রস কৌবা অমসু লৈরি । পরকীয় রসকী অর্থদি মপুরোইবা লৈরবি গোপিশিংনা মপুরোইবা লৈন লৈনা শ্রীকৃষ্ণকী নুংশিবা ফংনিংবগী অশা তৌজবা অদুনি । মপুরোইবা লৈরবি নুপিশিংগা অতোপ্পা নুপাগা নুংশিনববু পরকীয় রস কৌই । অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী রাসলিলাদা উৎলিবা নুংগী ইচেলদা কামগী মফম লৈতে শ্রীকৃষ্ণ প্রেমনা মরুওইবনি । মরম অদুনা রাসলিলা য়েংবদা খং হৈরবা বৈষ্ণবশিংনা কৃষ্ণ প্রেমগা কামগা খেন্নবা অদু খংই । অশেংবা ভক্তশিংনা পুক্লিং চংনা লাই নিংজরিঙৈদা মপানগী সংসারদা লৈরিবা পোৎ খুদিংমক কাওথোকপা ঙম্মী । করিগুম্বা ভক্ত অমনা ঈশ্বরগী নুংঙাইবা অদু ফংলবদি অমসুং মহাক্কী পুক্লিংগী অপাম্বা কামবু থাদোকপা ঙমলবদি মদু য়াম্না শেংবা শমভোগনি হায়নৈ । শ্রীগোবিন্দা অমসুং গোপিশিংগী রাসলিলা অসিনা পুন্ন মক্তগী হেন্না নুংঙাইবনি হায়না সাস্ত্রনা হায়রি । প্রথিবিদা মমিং লৈরবা ভারতকী কবি রবিন্দ্রনাঠ তেগোরগুম্বা থাক ৱাংলবা মীশক অসিনা মণিপুরগী জগোই রাস য়েংলগা মমিত্তগী মপি শিছুখি হায়রি।

শ্রী কৃষ্ণ অমসুং গোপিশিংগা লোইনদুনা শান্নখিবা রাস ক্রীয়া অসি তারবা অমসুং চীন্না হায়দুনা থীর ওইরবা মী অদুনা ভগবানগী অথোইবা ভক্ত ওইদুনা থম্মোইগী লায়না ওইরিবা কাম থুনা থাদোকই। ইশাগী নুংঙাইজনবা খনবা থাদোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবতা খল্লবা অদুবু অথোইবা ভক্ত হায়না খংনৈ । কাম থুনা থাদোকপনা ভগবানগী অশেংবা ভক্তা ওইবা ঙম্মী ।

## জগোই রাস মখল

মণিপুরদা লৈরিবা জগোই রাস মখল অসি মঙা থোক্লা লৈরে। মখোয়শিং অদুদি মহারাস, কুঞ্জরাস, বসন্ত রাস, নিত্যরাস অমসুং দিবরাসনি । রাস মখল মঙা অসিগী মনুংদা মহারাস, কুঞ্জরাস অমসুং বসন্ত রাস মখল অহুম অসিনা শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী স্নাহাক্তক্তা হৌদোকপিরম্মী । নিত্যরাস হায়বা রাস মখল অসিগা গোপি বৃন্দাবন পরেং অমসুং খুরুম্বা পরেং হায়বা ভঙ্গী মখল অনি অসিগা য়াওনা শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী সনা হাক্তক্তা পুথোকপিখি । অরোইবগী দিবা রাস হায়বা জগোই রাস মখল অসিনা শ্রীযুৎ চুরাচান্দ মহারাজগী সনা হাক্তক্তা হৌদোকপিখি ।

## জগোই রাস শান্নবগী মতম

মহারাস হায়বা রাস মখল অসি শ্রীমদ্ভগবতকী মত মতুং ইন্না শরদ পুর্নিমাদা শান্নে হায়বদগী মণিপুরগী ওইনা য়েংলকপদা মেরা ৱাফুকপা নুমিত্তা তাই হায়দুনা নুমিৎ অসিদা শান্নে ।

কুঞ্জরাস হায়বা জগোই রাস মখল অসিনা মেরা ৱাখিনবা অশ্বিম পুনিমাদা শান্নে ।

বসন্ত রাসনা শাজিবুগী পুর্নিমাদা কৎলি। খুল্লক্তদি রাস অসি কালেন পুর্নিমা ফাওবা থা অমা চুপ্পা কৎনবা য়াওই । করিগুম্বদসু ইঙেন থা ফাওবা চোঙ্খন কৎনবসু তৌনৈ ।

নিত্য রাস অসি সরদকী থা অমা, বসন্তগী থা অমা অসি তোক্লগা অতোপ্পা থাশিংদা রাস অসি কৎনৈ । দিবা রাস অসি অয়ুক নুংথিলগী মতমদা শান্নবা রাস মখলনি । মসি নিত্যরাসকুম্না অকক্লবা থা অনিখক নত্তনা অতৈ অয়াম্বা মতমদা শান্নৈ । অসুমনা রাস মখল মঙা অসি হৌজিক মণিপুরদা নিয়মশিং অমত্তা কায়দনা কৎনরি।

## কুঞ্জ রাস

শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মহাক্কী পুক্লিংদা মেরা ৱাফুকপা নুমিত্তা মহারাস কৎলগা মেরা ৱাযুংবা নুমিত্তা কুঞ্ছে অমত্তা তৌদনা ইহাং হাংনা লৈহনবা অসি নুংঙাইত্তবা পোকখি । মহাক্না সনা কোনুংগী ব্রর্ম্মা সভা কৌখত্তুনা করি লৈগে হায়দুনা তান্নখি । বীশ্বনাঠ চক্রবর্তিগী সার্থ সন্দর্শিনি টিকাদা অশ্বিন পুর্নিমা নুমিত্তা রাস শান্নে হায়বা মত অমা পিরম্বা থেংনরকপদগী লাংথবাল কোনুংদা সকাব্দ ১৭৯৬ মেরা থাগী ৱাখিনবা অশ্বিন পুর্নিমাদা শ্রী গোবিন্দদা কুঞ্জরাস লিলা অসি অহানবা ওইনা কৎখি । লিলা অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজদা গোপিশিংগা লোয়ননা পুলিন্দা রাস শান্নবা অদু তোক্লগা ইচম চম্না কুঞ্জদা ওইনা শান্নবা রাস লিলা মখল অসিবু ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা কুঞ্জরাস হায়না মিং থোনবিদুনা ঙসিফাওবা চহি খুদিংগী মেরা ৱাযুংবা নুমিত্তা শ্রী গোবিন্দা, শ্রী শ্রী বীজয়গোবিন্দ অমদি কৈরোই লৈকাইদা কুনজরাস লিলা অসি কৎনদুনা লাক্লি । শ্রী গোবিন্দনা শৈজাদগী লেংখৎলগা মন্দিরদা লেংশিন্দুনা রাসকী ফিজোল থোল্লগা অরোনবা লম্বীদা কুঞ্জ পাংনা লেংলক্লগা লিলা অসি শান্নবা হৌই । শ্রীগোবিন্দ অমসুং শ্রী শ্রী বীজয়গোবিন্দ নত্তনা খুল্লক্তা জগোই রাস অসি থোয়না কৎনদে । করিগুম্বা অতৈ লাইদা কৎপা তারবদি কৃষ্ণ অমসুং থৌরানি শাবি য়াওরগা কৎনৈ । কোনুংদা কৎপা তারবদি মান্দবকী রাসমন্দল ময়াইদা

রাধা গোবিন্দ মুর্ত্তি অনিবু ভদ্রচক্রদা লেংশিল্লগা গোপিশিংনা কোয়না জগোই শাই । কৃষ্ণ শাবা অমসুং রাধা শাবি য়াওদে ।

## রাস মন্দল

মান্দব ময়োল মখোঙ ১২ য়ুংগনি, ময়াইদা মাইকৈ মরি থোক্ল থোঙ ফাৎলগা অকোইবদা লৈ শুনা লৈতেং ওইনা শেম্মী । কোনুংগীদি ফি অঙৌবনা উখোং য়ুংলগা শেমই । ময়াই চপ চানা কোম তৌরগা থমচেৎ মওং মান্না উপাক্লা লৈমাইদগী খুদুম অনিরোম ৱাংনা ভদ্র চক্র শেমই । খুল্লক্কীদি রাধা শাবি কৃষ্ণ শাবা য়াওবনিনা ভদ্র চক্র শেম্বগী দরকার ওইদে ।

## কুঞ্জরাসকী পুবর্ব রঙ্গ

কুঞ্জরাস শান্নবগী অহানবদা নুপা পালানা গৌরচন্দ্রিকা শক্কুনা পুবর্ব রঙ্গ তৌই । মসি রাস অতৈগসু মান্নে । অহানবদা পুংগী রাস অচৌবা হৌদুনা ঈশৈ হনবনা ঈশৈগী রাস হৌরগা গুরু বন্দনা, সভা বন্দনা তৌরগা মথং মথং গৌরাঙ্গ ভাবিদগী কৃষ্ণ রুপ ফাওবা শক্কনি। নুপা পালা শকপা লোইরগা রাস তন্বিবা রাসধারি ওজানা সুত্রধারি পুংয়ৈবা ওইনা লৈরগা সুত্রধারি ঈশৈ শকপি অমদি যন্ত্র খোংবা পুম্নমক মান্দবকী অৱাং নোংচুপ থংবা চিথেক্তা রাধাগোবিন্দ অমদি ভাবক বৈষ্ণব-সভা পুম্বা খুরুমলম্লগা, মশা মশাগী যন্ত্রগা লোয়ননা ফমদুনা লৈগনি । পুং য়ৈবা ওজা মকোক্লা চিথেক অসিগী য়েৎ ওইননা ফমলগা মহাক্কী য়েত্তা ওজা তুংইনবা পুং য়ৈবা ফমগনি। অনিমক মাই নোংপোক ওনগনি। পুং য়ৈবা তুংইনবগী য়েত্তা মোইবুং খোংবা ফমগনি। চিথেক অসিগী ওইথংবদা মাই মখা ওন্দুনা সুত্রধারি ঈশৈ শকপিনা মকোক ফমগনি মহাক্কী ওইদা তুংইনবি অতৈনা ফমগনি। বাঁশী খোংবা অনিনা পুংয়ৈবা মকোক অমসুং ঈশৈ শকপি মকোক্কী

মতুং ওইরপনা য়েৎ ওই নাইনা ফমগনি । অসুম্না মহাক মহাক্কী ফমফমদা ফমনরবা মতুংদা ফিনচিংবা থারগা জগোই রাস হৌগনি ।

## কুঞ্জ রাসকী মথং মনাও ( ক্রম )

১। নুপা পালানা হৌনবি রাগ হৌদুনা গৌরাঙ্গ ভাবিদগী কৃষ্ণ রুপ ফাওবা শক্কনি ।

২। রাসগী সুত্রধার ওজানা পুংগী রাগমচা হৌরগা ঈশৈগী রাগ, গুরু বন্দনা, সভাবন্দনা শক্কুনা বৃন্দাবন বর্নন তারগা রাস হৌগনি।

৩। অহানবদা কৃষ্ণ অভিসার তৌগনি, জগোই শানা শানা কুঞ্জ য়ৌনবা চৎকনি । কোনুংগী ওইনদি মসি য়াওরোই ।

৪। অসুম কুঞ্জ য়ৌরগা কৃষ্ণনা মুরুলি-নাদ তৌগনি ।

৫। মুরুলি খোঞ্জেল তাবদা গোপীশিংনা বাঁশী অনুরাগ তৌগনি।

৬। গোপী অভিসারদা কৃষ্ণ ফংনিংবগী ব্রাখলনা ব্রারবি মবেম্মবু সখিশিংনা নাক-য়েত্তা চামর থৌগনগা লোয়ননা কুঞ্জ তমনা লেংওকই ।

৭। কুঞ্জ য়ৌরগা ইবুংঙো ইবেম্ম অনিনা পুন্না লেংশিল্লবদা সখিশিংনা সেবা তৌদুনা প্রার্থনা তৌই ।

৮। রাধা কৃষ্ণ অনিনা ময়াইদা লৈরগা সখিশিংনা মকোক মথং নাইনা কোয়না লেপ্তুনা মন্দলি - সাজন তৌরগা গোপীশিংনা রাগ হৌরগা শক্কনি ।

৯। গোপী রাগদগী জগোই মপোক হৌগনি, মসিদা তিনতাল, মেল অমসুং তানচপ অহুম অসিদা বৃন্দাবনগী নিংথিবা গুন, কৃষ্ণগী গুন অমসুং গোপী ময়ামনা জগোই শাবগী ফজবা থাগৎপা ঈশৈশিং অসিদা জগোই শাগনি । মখাদা চালি লাকই।

১০। জগোই মপোপ লোইরগা ভঙ্গী পরেং শাগনি ।

১১। ভঙ্গী লোয়রগা কৃষ্ণ-নর্ত্তন ( তান্দব) অমসুং রাধা নর্ত্তন শাগনি ।

১২। অত্মা সমর্পন, পুস্পাঞ্জলি-প্রথনা তৌরগা আরতি কত্তুনা গ্রহাগমন তৌরগা জগোই রাস লোইশিনগনি ।

## জগোই রাসকী ফিজেৎ

জগোই রাসকী ফিজেত্তা চংলিবা অসি কৃষ্ণ, রাধা অমসুং গোপীশিংগী ফিজেৎশিংনি । গোপীগী ফিজেত্তা কোক্তুম্বী অমসুং ঝাঁপা হায়না মখল অনি লৈ । মহারাস, কুঞ্জরাস অমসুং বসন্তরাস্তা ঝাঁপা ফিজেৎ শিজিন্নদে । ঝাঁপা ফিজেৎ অসি নিত্যরাস অমসুং দিবারাস্টা শিজিন্নে । ফিজেৎ অসি শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী সনাহাক্তক্তা নিত্যরাস হায়বা জগোই মখল অসি হৌদোরকপা মতমদা পুথোকখিবনি।

সত্যযুগতা ধ্যান, ত্রেতাদা হোম, দ্বাপুরদা পুজা অমসুং কলিদা সংকীর্ত্তননা ধর্ম্মনি হায়না লৌনবনা মরম ওইদুনা ধর্ম্ম তৌবা তারবদি ত্রিকচছ শেত্রবদি তৌহেদে । মরম অদুনা নামৈ গুঞ্জা অমসুং ওইগী ফিরৈ অহুম শুদ্রবদি তৌহেদে । ইন্নফি য়াওদ্রবদি ফি শেত্তবা ওইনা লৌই, ধর্ম্ম তৌবদা হৌনদে । কোকসু থাদোকপা য়াদে । অসিগুম্বা ধর্ম্মগী নিয়ম মতুং ইন্না জগোই রাসকী ফিজেৎ শেৎলি ।

কৃষ্ণগী ফিজেৎ -

কোক্তা থাও তৈরগা শমজেৎ হাত্তুনা মায়দা চন্দন থিনগনি । হকচাংগী শরুক্তা চন্দন ১২ থিনগনি । মরুওইবা হকচাংগী মায়, পাম্বোম মরু অমসুং থবাক্তা নিংথিজনা থিল্লগা অতৈ মফমশিংদদি খরদং শোক্লগা থিন্নে অদুবু মফক্ম ১২দা থিল্লে হায়না পুক্লিংদা লৌগনি ।

সনা ফিগেনা ফৈজোম শেৎকনি অদুগা গুঞ্জা থাধদুনা শামু মতোন শানা শেৎকনি। ফৈজোমগী গুঞ্জা, নামৈ অমসুং নাক য়েৎকী ফিরৈশিংন নাম্বোক্তনবা চেকশিন্না ফাজিনগনি। ফৈজোমগী মথক্তা মচু মচুগী পরেংনা শেম্বা ধাড়াশিং হাপকনি। নাক য়েৎ অনিমক্তা খুউদগী খুদোল অনিরোম চোম্বনা খাউওন হাপকনি। খাউওন অসি শ্রীকৃষ্ণনা ষন শেনবা চৎপদা ব্রারক্লগা চাননবা অচা অথকশিং হাপনবনি হায়নৈ। অতোপ্পা অমনা ইন্নফি ইন্দ্রবদি ধর্ম্ম তৌবদা তৌহৈদে হায়বগী মতুং ইন্না খাউওন অদুগা ইন্নফি ওইনা লৌরগা হাপ্পনিসু হায়নৈ। গুঞ্জানা মাংদা য়াম্বরগা মদুগী মথক্তা খ্বাঙ্গোই অমা লাকশিনগনি।

থবাক্কী লৈতেং -

পিশিন্দ্রাই হায়নবা সনা মচুগী ঝিঞ্জুর পরেং মথং মনাও নায়না শেমলগা য়াম্বহনগনি, অদুগা থবাক ময়ায়দা মনি মপাক শানা মিংশেল থিনবা অমদগী পিশিন্দ্রাই মরিগী মচিনশিং অদু য়াম্বগনি। মাওদা তৌরিবা অদুগুম্না মপা মান্ননা তুংলোমদসু চপ চানা তৌগনি। লেংজুম অনিমক্তা পিশিন্দ্রাই মরিনা য়াম্বগনি। মসিনা থবাক্কী মরক্তা লৈবা অহাংবশিং মেনশিল্লি অমসুং মনি মপাক অদুসু লেংদনা থম্বদা মতেং ওইহল্লি। থবাক্তা লীক শিগনি। লীকশিংদি - লীকয়ান পরেং ক্যাংলিকদাং, হৈগ্রু পরেং, লৈপরেং অঙৌবা অমসুং মচুগী পরেংশিং অসি থবাক্কী মতা চানা শিগনি।

খুৎকী লৈতেং-

পাম্বোমদা তাল, পাম্বোময়াই, খুৎনমদা খুৎতোপ, খুজেংদা রক্ষা য়েৎকনি। হৌজিক্তি পাম্বোম অফাংবী হায়বা মখল অমসুং ফানরে। খুৎশাশিংদা খুদোপ শিগনি। খুদোপশিংদি য়ুবি খুদোপ, চরোৎ খুদোপ, পরৈ খুদোপ, লাইরেল মখোয়, খোয় মহুম অসিদি মরুওইনা নুপিদা শিনৈ অদুবু জগোইদদি কৃষ্ণ শাবনা শিবসু অদুম চৎনৈ। খুজেংদসু খুজি শিগনি।

কোক্কী লৈতেং -

ফি অমুবদা চীরোঙ মুকুৎ হাপ্তুনা মশাপুম্বদা লৈতেং য়াওবা নাখুম হাপকনি। খ্বাংদা হাপখিবা খ্বাংনপ অদুগুম্বা অমা লুখমদা য়াম্ব্হনগনি । মথক্তা মায়গী মওং তানা কোকনম হাপকনি । মথংদা কজেংলৈ হাপ্লগা তুংদা য়াম্ব্বা শমজিরৈ হাপ্তুনা ব্রাহোং মতুনা ইকোয় কোয়না শেম্বা চুড়া হাপকনি। নাদা লৈ চিনগনি, চোমায় য়াম্ব্গনি । লাইবক ময়ায় চানা তাবা চিত্রাবলি অমা হাপকনি, হৌজিক্তি কর্নফুলসু হাপনরে ।

খোংগী লৈতেং -

খুজেংদা নুপুর অমসুং খোঙদোপ হাপকনি । নুপুর হায়বসি হৌজিক খণ্ডনরিবা শরিক পরেং অসি নত্তবা খোঙগী খুজেংদা হাপ্পা লৈতেং মখলনি । শরিক্কী মওং মান্না মতোন্দা শরিক মচা মচা য়াম্ব্রে।

## গোপীগী ফিজেৎ

থাউ ফজনা তৈরবা মতুংদা শমজেৎ হাংকত্তুনা কোক্কী শম পুম্বা লব্রাই মথক্তা পুনশিন্দুনা কোক্কুম্বী শেম্মী । মসিগী মথক্তা ফি অপাবা অমুবা অমনা মথক্তা অমুক য়োমশিল্লি। হৌজিক্কী মতমদদি ফিসু হাপ্পা অসিগী মহুত্তা কোক্কুম্বী শমগী মথক্তা হাপ্পা লৈতেং - শমজিখোঙ শেমদুনা হাপনরে । কোক্রুম হাপ্পদা মায়গী মওং চানা ওইগী চুবারৈ মপাদা মচিন অনি ফাদুনা হাপ্লগা কোক্কুম্বী মতোন্দগী য়াম্ব্রক্কুনা তাবা চুবারৈ ওয়গী নাপদা হাপকনি । চন্দন নিংথিনা থিনগনি ।

ফু রিং-

পান্থোম অককপি ঙকশম মচা জাকীং খায়বা রেশম অশংবগী ফুরিং লিংকনি। অমুবা মচুসু লিংনৈ অদুবু অশংবনা নমনা তৌনরে। ফুরিংকী তারকপা খ্বাঙ মথক্তা সেগা য়ৌনা ফি অচৌবা চেংনা থবাকয়েং য়েংকনি। থ ায়নদি মসি য়াম্না শাংবা ফি য়েংনরম্মী হৌজিক্তি অশাংবা কয়া তৌনদ্রে।

কুমিন ( পোংলোই ) -

খ্বাংদা কুমিন শেংকনি, খুমিং য়ৌনা চোনগনি। মসিগী মথক্তা শুপ্পুনা তাবা পশৱান হাপ্পগা খাউওন অমথক য়েংলোমদা ওল্লগা হাপকনি। মাংদা তাবা খ্বাংনপ অশাংবা অমসুং খ্বাঙ্গোই হাপকনি। মথংদা পিশিন্দ্রাই মরি হাপ্পগা লীক, খুজি অমসুং নাগী লৈ চিনগনি। নুপিগী লীক মখলদা মরৈ পরেং, থরোই পরেং, ঙাঙ্গোয় অমসুং শংে দ্রম্বী পরেংনচিংবনি।

খোঙ খুংকী লৈতেং -

কৃষ্ণ শাবনা হাপ্পা অদুগুম্না মরু ওইনা রাধা শাবিনা হাপ্পি অতৈদসু হাপনৈ।

কোক্কী লৈতেংদা য়াওবা মায়খুমদি অরোইবা ওইনা হাপকনি। মসি খদাঙ মখা ফাওবা খুমজিন্দুনা অপাবা ফিঙৌনা কুপ্পী। নুপিনা খাউওন হাপ্পসু ইন্নফি য়ানবসু তৌনৈ। সার চুরাচান্দ মহারাজগী সনা হাক্তক্তা ফিজাও হাপ্পা হায়বা অমা চংনরকই। মসিদা থবাক য়েং য়াওদে, খাউওন য়াওদে। খাউওন মরিগী মওংদা ইন্নফি তুং মাঙ হাপ্পগা মমৈগী ফি অদুনা কুপখংলক্কুনা মায়খুম্মী। মসিবু ফিজাও হাপ্পা হায়না খঙনৈ।

## কুঞ্জরাসকা নিত্যরাসকা ফিজেৎতা খেৎনবা

কুঞ্জরাসতা গোপীশিংনা শেৎলিবা ফিজেৎ অসিগী নিত্যরাসকী ফিজেৎকা খর খেন্নে । কোক্তুম্বীগী মহুত্তা তুংদা শম পুন্নগা সনা মচুদা তস্ফা থিনবা ধাতুগী অমদি চমকী কীনারনচিংবা থিন্দুনা শেম্বা লাইবক মপাদা ঝাঁপা হাপকনি অদুগা নাকোঙ অনিদা কর্নফুল শমজিদা শমজি ময়োল, শমজিচপ, কুরাক থেৎপা ফিজেৎ মখল অসি নিত্যরাসকী ফিজেৎনি খঙনৈ । ইন্নফিদি লৈ মচুনা ফিজাও হাপ্পকী মওংদা হাপ্পগা মায় খুমদনা শমজিখক খুমদুনা হাপই । থবাক য়েৎ য়াওরোই। অতৈ পুন্নমক্তি লোয়না মান্নে । গোপিগী পোৎলোই মচুদা রাধা, চন্দ্রাবলি অনিগীনা অশংবা ওইরগা গোপী অতৈগীনা অঙাঙবা ওইগনি ।

রাসকী ফিজেৎ শেৎপা লোইরগা ব্রাই তৈথোক্লবা মফম অশেংবদা ধুপ-থাইমৈনচিংবা থাদুনা ব্রাম্মন্না পুজাগী হৌনবি তৌদুনা শান্তিনচিংবা তৌরগা সংকল্প তৌদুনা কৎলগা অফবা পুংফম য়েংদুনা রাস কৎফম মান্দব তান্না চৎনৈ । পোৎলোই শেৎলিবা নুপা নত্রগা নুপীসু ফিশেং শেত্তুনা রাস শান্নফমদা চৎকনি ।

### ভঙ্গী ( শাথেক )

রাসলিলাদা ভঙ্গী জগোই অসি য়াম্না মরুওইবা শরুক অমনি । ভঙ্গী হায়বা জগোই অসি শ্রীকৃষ্ণগী শক্তমবু থম্মোইদা চেৎনা থমদুনা ভক্তশিংনা শাবা জগোইনি । মসিনা ভগবান অমসুং ভক্ত অনিগী মরক্তা ফোংদোক্তুনা উন্নবগী মওংনি । হায়রিবা জগোই মখল অসিনা অয়েংবা ভাবকশিংদা থাবল ফরবা অহিংদা গঙ্গাগী ইথক ইপোমনা

ইরং [illegible] ফংই অমসং অকনবা নুংশিং মরক্তা ইংনা তপন্না ফজরবা ঈশৈগী শুরগী তাম্বাদা শাবা জগোইনা ভঙ্গীগী ফজবা অমসুং মপুং ফাবা ওইহল্লি। অঙাংনা মমাগী মথাদা অমুত চুপলিঙেদা পুম্নমক কাওবগুম গোপীনা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়িননা জগোই শারিঙেদা মপানগী সংসার পুম্নমক কাওথোকপা ঙম্মী। ভক্তশিংনা অসুমনা লাইনিংবগী মওং অসি শ্রীমদ ভগবতকী ১০শুবা টিকাদা শুগাইনা তাক্লি। মণিপুরগী রাস লিলাদা ভঙ্গী অসি অথেংবা অহিংদা শান্নে। মতাং অসিদা অয়েংবা ভাবক পুম্নমক্কা উন ৱাইমুক চিক্কা অমসুং মখল কয়াদা পুক্লিং ভেবৎপা পোক্নুনা মপানগী সংসারি পুম্নমক কাওহল্লি। ভঙ্গী জগোই শারিঙেদা কনাগুম্বা অমত্তা হৌগত্নুনা মপান-ইপান থোক্লদে অমসুং তুমলিবা অঙাং ফাওবা হৌদোক্লদুনা জগোই অদুদা অকাইবা প্রিরক্তনবা যাম্না লুনা হোৎনে। তশেংনা হায়রবদা ভঙ্গী হায়বসি রাসলিলাগী খ্বাইদগী মচং ওইবা শরক্লি

ভঙ্গী মখল

মণিপুরদা হৌজিক চৎনরিবা ভঙ্গী অসি মখল মঙা লৈ-ভঙ্গী অচৌবা, গোস্ত ভঙ্গী, গোস্ত বৃন্দাম পরেং গোপী বৃন্দাম পরেং, খুরুম্বা ভঙ্গী পরেং অসিনি। মসিগী মনুংদা গোস্ত ভঙ্গী অমসুং গোস্ত বন্দাম পরেং অনিসিদি গোস্ত লিলাদা নুপানা শাবনি

## ভঙ্গী শিজিন্নফম

| | |
|---|---|
| মহারাস | ভঙ্গী পরেং অচৌবা, গোপী বৃন্দাম পরেং |
| কুঞ্জরাস | ভঙ্গী পরেং অচৌবা |
| বসন্তরাস | ভঙ্গী পরেং অচৌবা, খরুম্বা ভঙ্গী পরেং |
| নিত্যরাস | ভঙ্গী পরেং অচৌবা |

# ভঙ্গী পরেং অচৌবা

ভঙ্গী পরেং অচৌবা অসি মখল ৩২ লৈবদা তাল্ল মরিনা শাগনি ।

অহানবা - তালনা ভুময়া মেল, মাত্র ১৬, তাল্লা অনি, ফাক অনিনি । লয় অতপ্পদা শাগনি ।

অনিশুবা - তানকুপ মাত্র ৮, তাল্ল অমা, ফাক অমা লয় অতপ্পদা শাগনি ।

অহুমশুবা - মেনকুপ মাত্র তরুক, তাল অমা, ফাক অমা লয় ময়াম ওইবদা শাগনি ।

মরিশুবদা - চাল্লি, মাত্র ৮, তাল্লা অহুম ফাক অমা

## চাল্লি জগোই

শ্রী শ্রী রাধা কৃষ্ণগী ত্যাত্তগী লিল্লাবু কৎনবা হোৎনবদা মগুন লৈরবা লাইগুরুশিংগা লোয়ননা জগোই মখল কয়া পুথোকপগী মনুংদা চাল্লি অসিসু অমনি । চাল্লি হায়বা জগোই অসি মখল মরি থোক্লা লৈ ।

চাল্লি অহানবা - মফম অমদা লেংদনা শাবা জগোইনি ।

চাল্লি অনিশুবা - তুংলোমদা খর খব হুল্লগা শাবা জগোই মখল অমা ।

চাল্লি অহুমশুবা - যেৎ, ওই, ফৈনা চত্তুনা শাবা জগোই ।

চাল্লি মরিশুবা - তুং, মাং, তন্থাই-তন্থাই লৈদুনা শাবা জগোই

চালি মরি অসিগী শাজৎ শাথেক্লা অতে জগোই কয়াশিংগী মওং শেমগৎ শাগৎপদা মরু ওইবনি হায়না লাইগুরুশিংনা থম্বীরম্লে । মরম অদুনা চাল্লি মরি অসিবু হৈরবদি জগোই মশক খংলে, হৈরে হায়না ওজা গুরুশিংনা লৌনৈ ।

## শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা

জগৎকী মপু শ্রীকৃষ্ণগী ইমুং মনুং হায়রগা ব্রজবাসিশিংবু খংনৈ । ইমুং মনুং অসি মখল অহুম থোক্লা লৈ । শা-ষন শেনবা কাংলুপ, ব্রার্ম্মন কাংলুপ অমসুং খুৎ-শা হৈবা কাংলুপনি ।

শ্রীকৃষ্ণগী মপুবোক্কী মমিং পর্জ্জনা কৌই । পর্জ্জনগী মচা মঙা পোকই । মচা মঙা অদুগী মমিং উপনন্দ, অভিনন্দ, নন্দ, সনন্দ অমসুং নন্দন কৌই । শ্রীকৃষ্ণ হায়রিবা মচিন মনাও মঙাগী ময়াই ওইরিবা নন্দগী মচানি। শ্রীকৃষ্ণগী মমা ইবেম্মগী মিং যশোদা কৌই । অতোপ্পা মিং ব্রজেশ্বোরিসু কৌই ।

শা-ষণ শেনবা কাংলুপ অসিদসু বৈশ্য, অভৌর অমসুং গুর্জ্জর হায়না অমুক খায়দোকই ।

ব্রাম্মন কাংলুপ অসিদি বেদ পুন্নমক খংই, পুজা তৌবা, যজ্ঞ তৌবা লাইরিক তম্বীবা, লাইরিক তম্বা, দান তৌবা অমসুং দান লৌবা মখল তরুক অসিগী থবক তৌই ।

মখল মখা অয়াম্বা খুৎশা হৈবগী থবক তৌরগা হিংবা কাংবু অদুবু বহিস্ট হায়না কৌনৈ ।

## শ্রীরাধাগী মরমদা

শ্রী রাধা বৃন্দাবন্দা পোকপি শক চু নিংথিনা চংখোল্লবি শ্রী কৃষ্ণগী খ্বাইদগী চান্নবি গোপিনি । অভিরশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী মকোক থোংবিনি। শ্রীরাধাগী চহি ১৪।৯।৭ নি । মহাক্কী মপাইবুংঙোগী মিং বৃষভানু অমসুং মমাগী মমিংনা কীর্ত্তিদা কৌই । মহাক্কী মপুরোইবগী মিংনা অভিমৈন্য কৌই । শ্রীরাধাগী সখি মরোন মরোন য়াম্না লৈ । সখি ৬৪ রোম লৈবগী মনুংদা খ্বাইদগী নকশিন্নবা সখি ৮ খক লৈ । মখোয় অদুদি ললিতা, বিশাখা, চিত্রা, চম্পকলতা, তুঙ্গবিদ্যা, ইন্দুলেখা, রঙ্গদেবী অমসুং সুদেবীনি।

শ্রীরাধা শৃঙ্গার ১৬ তিনবি, ফিজেৎ ১২না লৈতেংবি, অথোইবা গুন ২৫ না তিনবিনি । মহাক্কী মকুবোক্কী মিং বৃক, মনেমনা জটিলা মনম্মনা কুটিলা কৌই । মবুংগী মিংনা শ্রীদাম, মনাওনুপিনা অনঙ্গমঞ্জরী কৌই ।

লালিতা -

সখি ৮গী লুচিংবীনি । মহাক্না সখি ৮গী মনুংদা খ্বাইদগী অহলনি। মহাক্কী চহি ১২।৭।৭ নি । মহাক্কী চান্নবি রাধাদগী নুমিৎ ২৭ খক হল্লি। ম্বাহোং মতু মানবা ফি শেৎলি। কুচুনা গোরোচন মচুনি । অতোপ্পা মমিং অমনা অনুরাধা হায়নসু খংনৈ । মমাগী মমিং সারদী অমসুং মপাগী মমিং বিশোক কৌই । ভৈরবনা মপুরোইবগী মমিংনি । মহাক্কী রসতি খন্দিতানি । সেবানা চন্দন সেবানি । সহস্রদলগী অৱাংদা ললিতানন্দদা মহাক্কী কুঞ্জনি । মসিবু অনঙ্গসুখদা কুঞ্জসু কৌই। মহাক্কী রাগনা মালবনি । মহাক্কী যুথদি কলাপিনী কৌই । মহাক্কী যুথদা লৈবি লুচিংবী সখীশিংদি - রত্নপ্রভা, বতিকলা, সুভদ্রা, রতিকা (ভদ্ররেখিবা), সুমুখী, ধনিস্তা, কলাহংসী, কলাপিনী ।

বিশাখা -

বিশাখা শ্রীরাধাগী অনিশুবা সখীনি । ললিতাগী লমচৎ হায়ফেৎ মান্নে । চহি ১৩।৭।৯ নি । ফিজোন্দি থৱানমিচাক্না লংনা থোকপা অতিয়াগুম্বা অশংবদা অঙৌবনা কবোক চাইবগুম্বা ফিজেৎ শেৎলি। কুচুনা নোংথাং কুচুনি । মপাগী মমিং পাবন কৌই । জাটিলাগী মনাওগী মচানুপি দক্ষীনা বিশাখাগী মমানি । মপুরোইবাগী মমিং বাহিক কৌই, গোপনি । মহাক্কী রাগনা মল্লারনি সেবানা রাধাকৃষ্ণগী ফিজেৎ লৈতেংনি । সহস্রদগী চিংখৈ পাংবদা লৈ । সবর্বতোভদ্রমন্দল য়েকপা য়াম্না হৈবদগী সৰ্ব্বদেভদ্রা হায়নসু খংনৈ। মহাক্কী যুথদি - মাধবী, মালতী, চন্দ্ররে থিকা, কুঞ্জরি, হরিনী, চপলা, সুরভি অমদি শুভানন।

চম্পকলতা -

চম্পকলতা রাধাগী অহুমশুবা সখীনি । কুচুনা শাৎকাইরবা লৈহাও লৈরেনগী মচুনি । চহিনা ১৩।৭।৯ নি । চরোই কৌবা উচেক্কী মচুগী ফিজেৎ শেৎলি । মপাগী মমিং আরাম অমসুংমমাগী মমিংনা বাটিকা কৌই চন্দস্বনা মপুরোইবগী মমিংনি । সহস্রদলগী মখাদা লৈবা কামলতা মহাক্কী কুঞ্জনি । রসনা বাসকসজ্জানি সেবানা চামর, রাগনা বসন্তনি । মহাক্কী যুথদি - কুরঙ্গক্ষী, সুচরিতা, মন্দুলী, মনিকুন্ডলা, চন্দ্রিকা, চন্দ্রলতিকা, কান্দুকাক্ষী, সুমন্দিরা । মত অমদা চন্দ্রলতিকাবু চন্দ্রতিলকা অদুগা কন্দুকাক্ষীবুনা পঙ্কজাক্ষী হায়না লৈ ।

চিত্রা ( সুচিত্রা )-

চিত্রা মরিশুবা সখীনি । কুচুনা কুঙ্কুম মচুগুম ঙাংলৈনৈ । লীক্লাই মচুগী ফিজোল শেৎলি । চহি ১৩।৭।৬ নি । গোয়ালা নিঙোলনি । মপাগী মমিং চতুর অদুগা মমাগী মমিংনা চর্চির্চকা কৌই। পীটনথ মপুরোইবগী মমিংনি । সহস্রদলগী নোংপোক্তা লৈবা কমল কিজলু হায়বদু মহাক্কী লৈফম কুঞ্জনি । রসনা অভিসারিকা, সেবানা লবঙ্গ মালা সেবনি । অতোপ্পা মমিং সুচিত্রাসু কৌই, রাগ - শ্রীরাগনি । মহাক্কী যুথদি - রসালিকা, তিলকীনি, শৌরাসেনী, সুগন্ধিকা, রমিলা, কামনগরী, নাগরী, নামবেলিকা ( নাগবেনী)

তুঙ্গবিদ্যা -

শ্রীরাধাগী মঙাশুবা সখিনি। কুচুনা কুঙ্কুমদা চন্দন য়ানশিনবগুম্মী । ঝাওথাংনবা মচুগী ফিজেৎ শেৎলি । বিদ্যা ১৮ শুনা হৈ । চহি ১৩।৭।৫ নি । মপানা কৌস্কর, মমানা মেধা, মপুরোইবনা বালিশ কৌই । মীগী পোমিৎ খংবি, য়াম্না হৈশিংবি অমসুং মথৌনা লৈবিনি।

রসনা বিপ্রলব্ধানি সেবনা জগোই, ঈশৈ অমসুং যন্ত্রনা রাধাকৃষ্ণবু সেবা তৌই । রাগনা হিল্লোলনি, কুঞ্জনা সহস্রদলগী নোংচুপ্তা লৈবা তুঙ্গবিস্যানন্দদ কৌই । মহাক্কী যুথদি - মঞ্জুমেধা, সুমধুরা, সুমধ্যা, মধুরেক্ষনা, তনুমেধ্যা, মধুষ্যন্দা, গুনচু ড়া, বরাঙ্গদা ।

ইন্দরেখা -

শ্রীরাধাগী তরুকশুবা সখিনি । লংবা য়াইঙং মচুগী কুচুনি , কফোই মচুগী ফিজোল শেৎলি । চহি ১৩।৭।৭ নি । মপাগী মমিং সাগর, মমাগী মমিং বেলা কৌই । মপুরোইবগী মমিং দুবর্বল কৌই । য়েংবদা মীনা নুংশিবা পোকই অদুবু ব্রাঙাংদি কল্লি । প্রোষিতভর্ত্তৃকা রসনি, রাগনা কর্নাটকনি, সেবানা সনাগী লৈতেং তৌবনি অদুবু মত অমদা জগোইনা সেবা তৌই হায়বসু লৈ । মহাক্কী কুঞ্জদি মৈরমদা লৈ মমিং পুর্নচন্দ্রকুঞ্জ কৌই । মহাকপু ইন্দুলেখা হায়নসু কৌনৈ । মহাক্কী যুথদি - তঙ্গভদ্রা, রমোতুঙ্গা, রঙ্গবাটি সুমঙ্গলা ( সুসঙ্গতা ) চিত্রলেখা, বিচিত্রাঙ্গী, মোদনী ( মোদিনি ) মদনালসা ।

রঙ্গ দেবী -

রঙ্গ দেবী তরেৎশুবা সখীনি । কুচুদি থম্বাল লৈরিক্কী মচুগুম ঙাংত্রানৈ । জুবাকুসুম মচুদা য়াম্না নানবা অঙাংবা অনানবা শিলক্কী ফিজোল শেৎলি । মপাগী মমিং রঙ্গসার, মমাগী মমিং করুনা, মপুরোইবনা বক্রেক্ষন কৌই । চহি ১৩।৭।৩ নি । গুনদা চম্পকলতাগা মান্নৈ । রসনা উৎকন্ঠ নি, রাগনা পুরবীনি । সহস্রদলগী মোইরাং লাইজিদা লৈবা সুখদা হায়বদুনা মহাক্কী কুঞ্জনি। সেবানা চন্দন লৈতেংবনি । মহাক্কী যুথদি - কলকন্ঠী, শশিকলা, কমলা, মধুরা, ইন্দিরা, কন্দপসুন্দরী, কামলতিকা, প্রেমমঞ্জরী ।

সুদেবী -

সুদেবী শ্রীরাধাগী নিপানশুবা সখীনি । রঙ্গদেবীগা ফাইবোক পোকমিন্নবা মনাউনি। দন্দ ৮ খক খেন্নে । য়েংবদা রঙ্গদেবী ওইরে বাই নিংই, য়াম্না মান্নে । কুচু নাপুনি, সনাফিগে শেৎলি। মপুরোইবদি বক্রেক্ষনগী মনাউ অতোনবনি ।

রসনা কল হান্তরিতানি, রাগনা ধানমী, সেবানা ঈশিং কৎচবনি । বসন্তসুখদানা মহাক্কী কুঞ্জনি । মহাক্কী যুথদি - কাবেরী, চারকবারা, সুকেশী, মঞ্জুকেশিকা, হারহীরা, মহাহীরা, রকন্ঠী, মনোহরা ।

**শ্রীকৃষ্ণগী শমলপ্পা ৱারি -**

ভাদ্র ( থৱান ) থাগী কৃষ্টমীদা পৃথিবিদা শ্রীকৃষ্ণ অবতার তৌবিরকখি। পোকপদগী নুমিৎ ১৫ নি ফাওবদা পুতনা হিংচবি হাৎপকী থৌদোক থোকখি । থা অহুম শুরকপদা হরিপার্শ্ব পরিবর্ত্তনগী উৎসবতা শকট-ভঞ্জন ( ষনগাড়ী কাওখায়বা ) লিলা লাকখি । চহি অমা ফাবদা তৃনাবর্ত্ত কৌবা হিংচাবা হাৎখি । চহি ২ থা ৩ দা মেরা থাদা শুস্বন্দা পুনবগী থৌদোক থোকখি । মসিগী মতুংদা ব্রজবাসি পুম্নমক গোকুল থাদোক্কুনা বৃন্দাবন্দা লৈফম হোংখি । বৃন্দবন্দা লৈবা থা ৬ শুবদা ষন্নাউ মচা শেনবা হৌখি । চহি ১ থা ৩ অমুক লৈরেগা ব্যকাসুর অমসুং বকাসুর অনিমক হাৎখি । মতাং অসিদা ভগবান চহি ৪ মপুং ফারে । চহি ৫ চংলকপদা সরদ থাদা অঘাসুর হাৎলি, অমসুং তাঞ্জা অসিদা ব্রম্মানা ষন্নাউ ময়ামগা ষন শেন্নহা মচা ময়ামগা হুদুনা লোৎখিবা থৌদোক থোকখি । ভগবান্না চহি ৫ শুবদা হায়বদি চহি ৬ চংলকপদা মেরা থাগী পানখৎলকপা ৮ নি পানবদা গোষ্ট লিলা হৌখি , মথংদা ধেনুকাসুর হাত্তুনা তালবন উদ্ধার তৌই । মদুগী মথংদা কালেন থা

লোইশিন্দুনা নোংজুথা ওইশিল্লকপা মতমদা ভান্দীর বন্দা রামকৃষ্ণনা থোরীবান্দোং হায়দুনা সখাশিং লোয়ননা ঝুলোন লিলা হৌই । মথংদা প্রলম্বাসুর হাৎখি । অসুম্না চহি ৭ চংশিল্লকপদা শরৎ থাদা বাঁশী খোংবগী লিলা তৌবা হৌই, নিংথমথা হিয়াঙ্গে থা চুপ্পা গোপীশিং অমদি ব্রজগী লৈশাবিশিংনা কাত্যায়নী পুজা তৌরগা পুর্নিমাদা বস্ত্রহরনগী লীলা শান্নে । কালেন থাদা অন্নভিক্ষা ( চাকনিবা ) লীলা শান্নরগা চহি ৭ লোইশিনখি । চহি ৮ চংলবদা মেরা থাশি নুমিত্তা ইন্দ্রপুজাগী মরম খন্নরগা নোংমা পানবা প্রতিপদ নুমিত্তা গোর্বর্দ্ধন পুজা কৎলি । নুমিৎ ৭ চংনা পুজা তৌখি । তরামাথোইনি পানবা একাদশীদা ইন্দ্র কুমলক্তুনা গোবিন্দ অভিষেক তৌই, ১২নি পানবা দ্বাদশীদা বরুনলোক্তা চত্তুনা নন্দবু কল্লুই । মথংদা পুর্নিমা নুমিত্তা ব্রজগী গোপীমখৈবু বৈকন্ঠ উহনবিখি অসুম তৌনা চহি ৮ মপুং ফাখি । চহি ৯ হৌরকপদা শরৎকী পুর্নিমা নুমিত্তা রাস শান্নরগা মথংগী শিব চর্তুদ্দশীদা অম্বিকাবনদা শিব পুজা, ফাইরেন পুর্নিমাদনা দোল লীলা - উৎসব অসুম তৌদুনা চহি ৯ মপুং ফাখি । ১০ শুবা চহিদা ভগবানগী লীলা তৌখিদে । ১১ শুবা চহিদা লমদাগী পুর্নিমাদা অরিষ্টাসুর হাৎপকী থৌদোক থোক্তুনা চহি মপুং ফাখি । ১২ শুবা চহিগী ময়ায় চল্লকপা ফাইরেনগী কৃষ্ণ দ্বাদশীদা কেশী হিংচাবা হাৎলি অমসুং মতুংদা নারদ উন্নে, ১৩ নি পানবদা মথুড়াদা চৎলি । অসুম্না চহি ১১ থা ৭ শুবদা ভগবান্না বৃন্দাবন লীলা লোইদুনা মথুরা লীলা শান্নবা হৌই ।

মথুরাদা লেঙবা নুমিৎকী নোংমা কোনবদা শ্রীকৃষ্ণনা কংস হাত্তুনা কংসগী মপা উগ্রসেনবু মথুরাগী নিংথৌ হাপখি । মথংদা নন্দনচিংবগা বিদাই তৌনরগা ক্ষেত্রিমচাগী হৌনবী সংস্কার তৌদুনা গুরুগী নাক্তা চত্তুনা মহৈ তম্বা হৌখি । গুরুগী মহৈ ফংলবা মতুংদা উদ্ধবপু ব্রজদা অদুগা অক্রুরবুনা হস্তিনাদা থাখি । মথংদা মথুরাদা লৈখি । মতম অদুদা

জরাসন্ধনা ১৭ লক হন্না মথুরাদা লান্দারকখি । কালমবননা মথুরাদা লান্দাগদবগী থৌরাঙ তৌরক্লবদা দ্বারকা - ধাম শেমগত্তুনা শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদগী দ্বারকাদা লেঙদুনা যুম্বানবগী লম্বীদা লীলা উৎপিখি ।

মতাং অসিদা কৃষ্ণনা পান্দবশিংবু হিরম খুদিংমক্তা তেংবাংবিখি । অসুম্না চহি ১১১ শুবদা শ্রীদামগী শাপ মতুং ইন্না বৃন্দবন থাদোক্লম্বা চহি ১০০ শুরদুনা সমস্ত-পন্চক কৌবা তীর্থদা শ্রীরাধা অমদি ব্রজ গোপীশিংগা অমদি ব্রজবসীশিংগা অমুক উন্নখি । মথংদা কুরুক্ষেত্রগী মহাভারতকী লান লোইরবদা পান্দবশিংনা অশ্বমেঘ যজ্ঞ তৌখি । যুধিষ্টিরবু পাউতাক পিরমলগা দ্বারকাদা অমুক লেংলকখি । মতম অসিদা যদুবংশ পুম্নমক অভিশাপ ফংখি । প্রভাস তীর্থদা ফত্তবা ঙাকথোক্ল বা যাগ-যজ্ঞনচিংবা তৌরবা মতুংদা যদুবংশ পুম্নমক তুমখি । মতাং অসিদা চহি ১২৫ শুরবদা মীরমলেনগী পাংথোকপিগে নিংবা থবক পুম্নমক পাংথোক্লবা মতুংদা চংনা র্সগ কাখি ।

# শ্রীকৃষ্ণ অভিসার

## (তবহি গমন কর সঞ্জ )

*লেংলক্লে কুঞ্জদা কৃষ্ণ পুক্লিং হরাওনা,*
*গোপীগী পুক্লিং হুবা মুরুলি পাইদুনা ॥*

## পুংলোন

| | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | | | | | ০ | | | |
| | | | | | - | তা | থেন | গীন্নগর |
| ধিন | তা | ধেন | তা | । | ধিন | ধিন | তেন | তা |
| তঃ | - | - | তঃ | । | - | তা | থেন | গীন্নগর |
| ধিন | তা | ধেন | তা | । | ধিন | ধিন | তেন | তা |
| তঃ | - | - | তঃ | । | - | তা | থেন | গীন্নগর |
| ধিন | তা | ধেন | তা | । | ধিন | ধিন | তেন্তা | তা |
| তঃ | - | - | তেন্ত | । | তাগ্র | খ্রাং | খিং | গীন্নগর |

তপ্পা তপ্পা চৎপদা শামুনা তমজরবা,
যুবতিশিংগী পুক্লিং হুবনি ॥

| | | | |
|---|---|---|---|
| ধিন | -ঃ ধেন | তঃ গী | ধেন্তা |
| ধিন | -ঃ ধেন | তঃ গী | ধেন্তা |
| ধিন | গীন্নগর | ধেন | ধিন |
| তংতং | তঃ | - | খরখর |
| অংতঃ | তেন্তা | খিত্তা | তেন্তা |
| তাংগীন্ন | গরধেন | ধেন তংতাখিংতা | |
| ধিন | তেন | - | তেন্তা |
| তাগ্র | খ্রাং | খিং | গীন্নগর |
| ধিন | -ঃ ধেন | তঃ গীন | ধেন্তা |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ধিন | -ঃ ধেন | তঃ গীন | খেন্তা |
| ধিন | গীন্নগর | ধেন | খিন |
| তৎ তৎ | ত ঃ- | খরখর | |
| তাৎতং | তেন্তা | খিত্ত | তেন্তা |
| তাৎগীন্ন | গরধেন | ধেন | তৎতা খিৎতা |
| ধিন | তেন | - | তেন্তা |
| তাগ্ন | খ্রাং | খিৎ | গীন্নগর |

নেম্মা নেম্মা শাৎলিবা লৈ খিবি উরুরগা, রাস শান্নজগে
হায়না পুক্লিং খল্লদুনা ।।

পুংলোন

| | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধিন | তা | ধেন | তা | । | ধিন | ধিন | তেন | তা |
| তঃ | - | - | তঃ | । | - | তা | থেন | গীন্নগর |
| ধিন | তা | ধেন | তা | । | ধিন | ধিন | তেন | তা |
| তঃ | - | - | তঃ | । | - | তা | থেন | খর খর |
| তাৎতা | তেন্তা | খিত্তা | তেন্তা | । | তাৎগীন্ন | গরধেন | ধেন | তৎতাখিৎতা |
| ধিন | তেন | - | তেন্তা | । | তাগ্ন | খ্রাং | খিৎ | |

মনি থাম্বা লৈতেংনা ইরং ইরং লংলিবা, মালতি যুতি
পরেং ওক্তা থোনবা ॥

পুংলোন

| | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধিন | তা | ধেন | তা | । | ধিন | ধিন | তেন | তা |
| তঃ | - | - | তঃ | । | - | তা | থেন | গীন্নগর |
| ধিন | তা | ধেন | তা | । | ধিন | ধিন | তেন | তা |
| তঃ | - | - | তঃ | । | - | তা | থেন | খরখর |

তাৎতা তেন্তা খিত্তা তেন্তা । তাৎগীন্ন গরধেন ধেন তৎতাখিত্তা

ধিন তেন - তেন্তা । তত্র খ্রাং খিৎ গীন্নগর

খোংথাং খুদিং নোপুরনা রুনু ঝুনু ঙংলিবা,
খ্বাংগোহ্‌দগা কাংকাননা নাল্ল ॥

ধিন -ঃধেন তঃগীন ধেন্তা । ধিন -ঃধে তঃগীন ধেন্তা ।

ধিন গীন্নগর ধেন ঘীন । তৎ তৎ তঃ - ।

ধিন -ঃধেন তঃগীন ধেন্তা । ধিন -ঃধেন তঃগীন ধেন্তা ।

ধিন গীন্নগর ধেন ঘীন । তৎ তৎ তঃ - ।

ধিন -ঃধেন তঃগীন ধেন্তা । ধিন -ঃধে তঃগীন ধেন্তা ।

ধিন গীন্নগর ধেন ঘীন । তৎ তৎ তঃ -

ঘীনতেন তাগীন্ন তৎ তেনতঃ । তৎতেন তাখিত্তা তাধেন তাধেন

ধিন অ ধেন অ । ধিন ধিন তেন খ্রখ্র

তাৎতঃ তেন্তা খিত্তা তেন্তা । তাৎগীন্ন গরধেন ধেন তৎতাখিত্তা

ধিন তেন - তেন্তা । তাত্র খ্রাং খিৎ গীন্নগর

অসুমনা লেংলকপনা থুংলরে কুঞ্জা ॥
পুংলোন

ধিন তেন - তৎতৎ । তঃখিৎ তাধেন তঃঘিন ধেন্তা ।

খিন তেন - তৎতৎ । তঃখিৎ তাধেন তঃঘিন ধেন্তা ।

ধিন তেন - তৎতৎ । তঃখিৎ তাধেন তঃঘিন ধেন্তা ।

ধিন তেন - তৎতৎ । তঃখিৎ তাধেন তঃঘিন ধেন্তা ।

ধিন তেন - তৎতৎ । তঃখিৎ তাধেন তঃঘিন ধেন্তা ।

খিন তেন - তেন্তা । তাত্র খ্রাং খিৎ গীন্নগর ।

চিনবান্দা মুরুলী তাঙ্গৎতুনা মিরবা খোম্থাংগী শুরনা খোংলি ॥

## পুংলোন

| | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| খিন | তেন | - | তংতং | । | তঃ | - | - | তংতং |
| তঃ | - | - | তংতং | । | তঃ | - | - | তংতং |
| তঃ | তংতং | তঃ | অ | । | অং | - | খিং | তং |
| খিন্তত | খিত্তাখিন | ঃখিন | তত্তাখিত্তা | । | তংতং | খিত্তাখিন | ঃখিন | তত্তখিতা |
| খিন্তত | খিত্তাখিন | ঃখিন | তত্তাখিত্তা | । | তগ্রা | গ্রাং | খিং | গীন্নগর |

## অথাবা পুংলোন

+

| | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| খিন | থেন | তঃ | থেন | । | তঃ | গীন্নগ্র | খিন | খেন |
| খিন | থেন | তঃ | থেন | । | তঃ | গীন্নগ্র | খিন | খেন |
| খিন | তত | খিতা | খিন | । | তত | খিতা | খিন | গ্রুগ্র |
| তঃ | খিং | তাংখিং | তত খিত | । | তঃ | গীন | খেন | গীন্নাং |

খেন ॥

( অসিগী মতুংদা মুরুলি নাদ তাগনি )

## রাধা অভিসার

( চন্দ্রবদনী ধনীগী সঞ্জ )

থাবু ওমজবী রাধে লেংলক্লে অভিসার
অনৌ অনৌবা রসগী তুংনফম ওইরিবি ।
কপুরি চন্দন্না নিংথিনা লৈতেংলি
মালতি পরেংনা ওক্তা থৌগন লিবি ।
থানিলগী থাবন্না বনসু নিংথিজরে
কুন্দল কুশুম ফুগাইনা শাংকাইরক্লে ।
ওক্তা মোতি খুত্তা খুজি থোন্দুনা
ইবুংঙোগী প্রেমদা লুপচববী রাধে ।

# পুংলোন

অঙ্গ তাঞ্চপ মাত্র ৮ তাল ১ ফাক ১

- তা থেন গীন্নগ্র

| | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধিন | অ | ধেন | অ | । | ধিন | ধিন | তেন | অ |
| তঃ | - | - | তঃ | । | - | অ | থেন | গীন্নগ্র |
| ধিন | অ | ধেন | অ | । | ধিন | ধিন | তেন | অ |
| তঃ | - | - | তঃ | । | - | অ | থেন | গীন্নগ্র |
| ধিন | অ | ধেন | অ | । | ধিন | ধিন | তেন | অ |
| তঃ | - | - | তঃ | । | - | অ | থেন | গীন্নগ্র |
| ধিন | অ | ধেন | অ | । | ধিন | ধিন | তেন | খরখর |
| তাংতঃ | তেন্তা | খিত্তা | তেন্তা | । | তাংগীন্ন | গরধেন | ধেন | তংতখিত্তা |
| ধিন | অ | ধেন | অ | । | ধিন | ধিন | তেন | অ |
| তঃ | - | - | তঃ | । | - | অ | থেন | গীন্নগ্র |
| ধিন | অ | ধেন | অ | । | ধিন | ধিন | তেন | খরখর |
| তাংতঃ | তেন্তা | খিত্তা | তেন্তা | । | তাংগীন্ন | গরধেন | ধেন | তংতখিত্ত |
| ধিন | অ | ধেন | অ | । | ধিন | ধিন | তেন | অ |
| তঃ | - | - | তঃ | । | - | অ | থেন | গীন্নগর |
| ধিন | অ | ধেন | অ | । | ধিন | ধিন | তেন | অ |
| তঃ | - | - | তঃ | । | - | অ | থেন | খরখর |
| তাংতঃ | তেন্তা | খিত্তা | তেন্তা | । | তাংগীন্ন | গরধেন | ধেন | তংতখিত্তা |
| ধিন | অ | ধেন | অ | । | ধিন | ধিন | তেন | অ |
| তঃ | - | - | তঃ | । | - | অ | থেন | গীন্নগর |
| ধিন | অ | ধেন | অ | । | ধিন | ধিন | তেন | অ |
| তঃ | - | - | তঃ | । | - | অ | থেন | খ্রখ্র |
| তাংতঃ | তেন্তা | খিত্তা | তেন্তা | । | তাংগীন্ন | গরধেন | ধেন | তংতখিত্তা |

